

শ্রী হায়ববু

মসি মঙাইরে

ইবা :— শ্রীথোকচোম্ ফলেন্দ্র সিংহ
সুর্গোলঋন্দ মেনো লৈরক, ইম্ফাল।

অফোঙবা :— সাহিত্য প্রকাশন মন্দির
ইম্ফাল, মণিপুর।

নম্ফম :- সরস্বতি প্রিন্টিং বারক্স
সেগা রোড, ইম্ফাল।



খুৎনম :— অহানবা ১৯৬৯ ইং আগষ্ট

মথুম :- শ্রীইমোবা সিংহ
( মোমোন )

ব্লোক হকপা :— শ্রীএন, মঞ্জি সিংহ

মমল :- লুপা ০.৮০ পৈশা

# ৱাহৈ খরদং

লাইরিক-লাইশু ইবা-খোৎপগী থবক অসি ঐহাক্না য়াম্না পামজরুবনা মণিপুর সাহিত্য লৈকোন্দা

**ঐগী হায়ৰবু**

**মসি মঙাইরে**

কৌবা খুদোল অসি লাম্হোকচরি। লাইরিক অসিদা, অরান-অহুই কোঙ্গায় থেংনবিরবসু; সাহিত্যগী লমদা থাক ৱাংনা লৈবিরবা গুণা, গুরুশিংনা ঙাকপিগনি খঞ্জে।

লাইরিক অসি ১৯৫৭ ইংগী মার্চ থাগী হৌগৎলকপদা ৱারী মপুং ইবা হৌরখি। ১৯৬৭ ইংগী চহি হৌরকপদা শেমদোক-শাদোকপা লোইজহুনা ১৯৬৯ ইংদা পুথোকচবা ঙমজবগীদমক হুংঙাইবা পোকচৈ।

এমঃ ৱাইঃ সিঃ আরঃ এঃ না অথোইবা মনা পীবিখিবগীদমক সংস্থান অসিবু থাগৎচরি। অমসুং ইয়াম্বা শ্রীমনিহার সিংহনা ছাপা নম্বদা অচৌবা ভার লৌবিখিবগীদমকসু শিংবদা ৱারগদবা লমন তোঞ্জরি।

ঐহাক্না পুন্সি অসিমগী শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরিবদি পাবি-রিবা-পাবিরিবীশিংগী মতম ঙাইহাক কাইথোকপিরিবা অদুনি।

ঐহাক্না খুদোল অসি লাম্হোকচবদি লাইরিক অসিনা মচেৎ-মচেৎ শেগায়দুনা কাংখা-লুখাদা তাবা, শুধা-সাপোন, বোড়ানচিংবা য়োম্নবা থেংনজররুবগী আশাদু মহৈ য়াঙ্গনবনি।

তাং ২৭-৮-৬৯ ইং

**ফলেন্দ্র**

# ঐগী হায়বনু

# মসি মঙাইরে

১বা তাংকক।

তাইবং লীলা ফম্বাল থকসিদা
লীলা য়াওররিবা মীওইবা
কপ্পা-নোকপা হৌনশানি ।।

ঐহাক্কী পুন্সিদা খোকখিবা খোদোকশিংদো নীংশিং-
লুবদা খোঙদগী তোঙ ফাওবা ভুজুংখিবা থঙহোদে। হুমাং
মরিক মরিক্কা হকচাং পুমচোং চোংলি॥

ঐহাক শঙ্গোয়গী থাজিনবা
অপিকপা কা অমদা
পরীক্ষাগী লাইরিক পাদুনা
চিক্কা লৈরিঙৈ মতমনি॥

ঐহাক মতম অসিদা
থংনবা শঙ্গোয়গী কাদা
অফিং-অফাউগী খোনফমদা
অয়াকপা খোঙ্গেল তারকই॥

ঐহাক-ফিঙ্গনবা মতৌদুনা
লুতোন উংনা লৈখিদুনা
ফাক্তোক্লবা লাইরিক খুমজিল্লমদনা
কা অদুদা চংশিল্লি॥

ঐহাকসু পলেমগী মতৌগুম্না
পম্বোগী খোঙ কোন্দুনা
নীংবা থুংহৌব্রবা সেবা
পুক্কিং নুংশিনা তেংথারি॥



ঐগী হায়রবু

ঐহাক্না নিপাগী পুক্কিং
পলেম্না মুপীগী পুক্কিং
প্রাকৃতিনা শেম্নম্বা খুৎশেম্না
পলেমদি তেংথা-ওম্বোইরি ॥

ঐহাক কৈন্নোয়-লৈকাইদা
খাগা-খাংগা চেন্দুনা
অহল-লমন কৌরুদুনা
যজ্ঞগী থৌরাং হৌরি ॥

ঐহাক্না কোয়চেন চেন্দুনা
ইমা-ইন্দোলশিংগী মতেংনা
অহল্লমন্না খাবিদুনা
যজ্ঞ লোইরবা মতুংনি ॥

ঐহাক পলেমবু থেমজিন্দুনা
ইনাওশিংবু অহিংগী পোত্থাহন্দুনা
ইমুংগী থৌদোক লাক্কদোবশিংদা
খঞ্জিল্লুরগা কপতুনা তেংথারি ॥

ঐহাক্কী ইতৌ উরগা
অহিং তুমদ্রবী পলেম্না
খোঞ্জেল খাংনা তেংথাদুনা
পম্থৌ মাবু কৌরক্লি ॥

ঐহাক্কী ইতৌনা কাইহৌরুবা
থেমজিনবগী কান্নফম লৈত্রবা
পলেমগী খোঞ্জেল মরক্তা
খোম্থাংনা তোম্বনা পাওহন্জি ॥

ঐহাক্কী ইনাও অহম্না
অঙাংগী বাখল্লা তাউদুনা
কিথি-কিরুম্না তুমজরম্বা
নাপ: চিক্লা থুগাইরুরি ॥

ঐহাকসু-ঐসু হায়'গুম্না
মিৎলু নাপোম অনিদা
পিগী ঈরা খক্তুনা
ফুইনা ফুইনা শিম্বরি ॥

ঐহাক 'তুম্বক বাহৈনা
পিরাংলক্তা ওন-থোইদুনা
পলেমগী ভেংথা চানা
শৈদম তেংথা-নাওইরি ॥

ঐহাক্কী মরামগী তেংথাখোল্রা
অথাপ্পা চীংমায়দা মৈশিন্দুনা
নোংদোন 'থক্কী নৈচিল্লা
অমুবা নোংগুম তিনখরি ॥

ঐহাক ইনাও-ইমা
অমতা হনবা নৈতনা
পম্বৌবু খুৎলাম তোম্বনা
বাখলনা খুম্বৎনা কৌরি ॥

ঐহাক্কী ইনাওশিং পিক্লিবা
ভেংথা বারোলদি গুদনা
ঙাইহাক 'মুক লেপত্তুনা
ইমা হায়না কপলি ॥

ঐহাক্কী 'নাক্তা ফম্লিবা
বাহৈ ময়েক শুদ্রিবা
ইমা-পাবদা কৌরিবা
তোম্বী তম্পাক্তা হিপথরি ॥

ঐহাক্কী ইনাও অতোনবা
কবি খণ্ডজদ্রিবা ওইবনা
মমামগী মতৌ উরগা
তানিংদে মতাঙুম চোংলি ॥

ঐহাক মম্নাম পুন্না
থেংলবা অহিং অসিদা
তুম্বা হিপ্পা চংদনা
তুংগী ওইরক্কদৌবা খল্লুরি ॥

ঐহাক্কী তুংগী ওইবা
হৌখিবা মতমগী ঈচেন্দা
পম্থৌনা শাগৎলম্বা আশা
শুম্না কায়বগী পিরোইনরি ॥

ঐহাক-পুন্না তেংথাবা
য়ুমলোন-কৈরোনবশিংনা তারগা
থোঙগী পৌরোন কাংনদুনা
থাউমৈ অমমমগা চংনরক্নি॥

ঐহাক্কী 'মামগী অকোয়বদা
কোয়না লেপ নিপানা
ফমদুনা মুপী মখৈনা
অমেঙবা বাহৈনা থেমজিল্লি ॥

ঐহাক ময়ামগী বাঙাংনা
নিপা ওইবগী বাখন্দা
মায়থোং শিন্না চোৎলম্বা
লল্রবা পিরাং তৈথোক্লি ॥

ঐহাক 'সুম তৌনা
'পাম্বোংগী থৌনা ফোংদোক্লবদা
পলেমস্থু হিক্ক-হিক্কা
ঙাইহাক্কী ওইনা লেপলি ॥

ঐহাক্কী ইনাও কপ্লম্বা
পলেম 'খোয়নি য়েংদুনা
ময়ামদুগী মতৌদুদা ঙক্কুনা
তুমিল-তুমিল লৈনরি ॥

ঐহাক ইমা 'চাগী অকোয়বদা
তুম্বা কায়না লাক্লিবা
ময়ামদু ঙম্না চৎনগ্রবা
ইমা 'খোয়দি তুমদ্রি ॥

ঐহাকসু অমগা 'মগা
মপা-ইপা ওনসিন্নদুনা
সুংগী থম্মোই মৈচাক্কা
মাইথোং মম্নি তাহল্লি ॥

ঐহাক অঙাংশিং পুম্বা
অস্থম্না লৈরিঙৈ মতমদা
পলেম্না ঈশ্বরগী মফমদা
প্রার্থনা-শ্রাদ্ধঞ্জলি কচ্চরি ॥



ঐগী হায়ববু

ঐহাক অমুম্মক মালংদা
অহিং মতম হৌখিবা
তুমহৌদবগী মৈশা খঙহৌদনা
কাক্কী লানবাও তারক্লে ॥

ঐহাক্কী নিতিগী থোদা
পাঙ্খৌনা তম্বীরম্বা কায়দনা
অয়ুক্কী থৌরম লোইরদুনা
অচিকপা মকমদা পোখারি ॥

ঐহাক অয়ুক-মুমিদাংদা
চারা নাম্ম-নাম্মত্তা
চাদুনা তর্পন কৎপনা
শ্রাদ্ধ মুমিৎ য়ৌরক্লে ॥

ঐহাক্কী ইনাওশিং শুম্না
অঙাং মতম ওইবনা
অয়ুক-মুংথিল অয়াম্বা
মমান্নবশিংগা লোয়ননা শানবি

ঐহাকপু পোকপী পলেম্না
লৈত-লাইর থিদনা
শ্রাদ্ধগী পোৎচং লাংদুনা
'তুংগী থোকঅবা খল্লি ॥

ঐহাক্কী পাম্বৈ লৈতবনা
বার্তোন ই-খোত্তুনা
মাগুব খল্লবা হোৎনদুনা
কোয়রাং-লাং পোখাদরি ॥

ঐহাক চৈরক অসিদা
লাইরিক তম্ব'শিং উবদা
হেক-হেক লাংতক্কনা
লাইরিক্কী বাখল্দস্থু তাউরি ॥

ঐহাক্কী অম্বেল 'সোমদা
পম্বৌস্থু মতেং পীবিনবা
লৈত্রবদা করম খুংবা
বাখলসিদা চায়েৎননা লৈরি ॥

ঐহাক খল্লিজৈ অস্থুম্না
শ্রাদ্ধ লোইখিবা নুমিৎনা
নোংম-নোংমা হৌখিদুনা
চহি কুম্মোল তম্লক্লে ॥

ঐহাক পরীক্ষাগী হোৎনহৌদবনা
ইমাম্নবগা মীমাম্নবা শুমদনা
ইমুংগী লৈত-লাইরদা
নাকোং বাই চিল্লক্লে ॥

ঐহাক উপায় লৈত্রদুনা
পাম্বৈ অতৈ ফংদ্রদুনা
নীংবা কায়বা-খুদম
শম-লু ফারক্লে ॥

ঐহাক অচৎ-অওক্তা
ইমাম্নবনা কৌবা তাদনা
অঙাওবগী পাংথক চৎতুনা
য়ুমথোঙ অয়াম্বদা য়ৌরি ॥

ঐহাক্না লাইরিক তম্বীক্নবা
মকমশিংদগী ক্ষংলকপা পৈশানা
পলেমগী মতেং ওইনবা
থা থুদিংগী পীশিল্লি ॥

ঐহাকপু পোকপী পলেম্মা
মচাগী-নীংবা খঙবীদুনা
পাঙ্গল থেক্না গুরুরগা
মচানা পুশিল্লকপদ থমজিনবীরি

ঐহাক্কী পাশ্বৈগীনি হায়দুনা
চেকশিন-পাশিন্না হোৎনদুনা
পলেমগী বাবা মতৌদদা
বাখলগী নৈনা পোকহল্লি ॥

ঐহাক অদুম ওইদুনা
বাখন্না নাজরবস্থ নাচুংদা
পলেমগী পুক্লিং বাবিদনবা
শেলগী চৎক্ষম চাহল্লি ॥

ঐহাক্কী ইনাওশিংস্থ পিক্লিবা
শেৎপা-চাবা পামজবা
মনিং থুংনবা হোৎনদুনা
অয়ুক্কী নুমিদাংগী লেল্লি ॥

ঐহাক্কী মতৌ 'সুগুম্বা
লাইরিক কন্না হোৎননিংবা
আশা চেৎপা উরবা
পলেম্মা নৈকাই বারিনরি ॥

ঐহাক্কী থৌন-হোৎনবা
মতমগী ঈরাং খঙবা
লমচৎকী পাও তারুবা
পুকচেল চাওবশিংগী থৌননি ॥

ঐহাকপু পোকপী পলেম্মা
তোয়না থবক শুজুনা
অরৈ-নৈত তানফম
ওজাগীদা লাক্লবা হায়রক্লি ॥

ঐহাক নোংমা অথেংবদা
লাইরিক তম্বীরুবা হল্লকপদা
চংজুনা ওজাগী যুমদা
অনিং-অনিংবা শানরুবে ॥

ঐহাক্কী অনিংবা-অপাম্বা
খঙলবা মতুংদা ওজানা
মহাক্কী অনিংবদু ফোংদোক্তুনা
মচা পীবা বাবেপ্নরে ॥

ঐহাকসু মতমগী ঈচেম্মা
ওজানা হায়বদা য়াজুনা
লুহোংবগী মুমিৎ লেপ্পরবা
মখোয়গীদা লৈবসু য়াক্লরে ॥

ঐহাক অসুম্মদি ওইর'দা
ইনাওশিংদি থাদোকপা ঙমদা
পাঙ্গল ইরৌশিংদি লৈতা
লুহোংলগে-পাংলগে নীংলে ॥

ঐহাক অসুম তৌনা
লুহোংবা মতম লেনগ্রবা
চৎনবী লীচিংস্থ কনবনা
নুপানা য়ুমদা পুন্নক্লিংজি ॥

ঐহাক্না পাম্বনা অমা
ইনাক থুনবগীনা অমা
লেপ্পখিবা য়ানবা হায়নবা
তশেংনা থোক্লবদা-নুংঙাইরক্তরি ॥

ঐহাক পাম্বে য়েংলুবা
নুপী 'য়ুমদা পুনিংবা
ঙসি ঙসি হৌখিদুনা
লাইরিক্কী বারম হৌদোরক্লে ॥

ঐহাক 'সুম্না য়াগনবনা
পামদা-পামদা ঙমদবনা
মথংগী লাইরিক তমথবা
মীরৈবাক্তা চৎনবা থৌরাংলে ॥

ঐহাক চৎলমদাইদা চংদুনা
হরাও-নোকপা যাহৈনা
ইনাওশিংবু ইমাদা শিনরমদুনা
নুপীনা ময়ুমদা থম্লম্লে ॥

ঐহাক্কী ঈ-পাও
শেল-থুম ঙম্মা
হায়না-য়ানখিবা কায়দনা
চহি অমা হৌখরে ॥

ঐহাক্না য়ুমগী তানিংবা
ইনাওশিংগী মরমদা হংবা
চিঠিগী পাওখুম অমত্তা
চহি চুপ্পা ফংখিদরে ॥

ঐহাক ছুটি থোক্তনা
হুপী য়ুমগী চিঠিনা
অতাউবা রাখলগী ঈপাক্তা
পুথদুনা 'সুম্মক লেনখরে ॥

ঐহাক্না চহি লোয়রদুনা
থোরকপা মতমদদি ওন্ননা
থৌদোক 'পুম্বা লান্ননা
ইমা 'খোয় মৈশা লাংলম্লে ॥

ঐহাকসু থোরকপদা ভাইরিবনা
সহয়-উপাই লৈতবনা
ইনাও খোম্মেতোন তোম্বীদা
হুপী য়ুমদা পুরক্লে ॥

ঐহাকী হোৎনবগী পাম্বৈনা
ইনাও মুংশিবা খোম্মেতোন্না
কানফম করিসু খণ্ডনা
থাশিং অহুম্লোম হৌখ্রে ॥

ঐহাক তৌফম খণ্ড্রবা
অহুবু লাইরিক্কী তমহৌরবা
থবকসু থিবীদুনা ফংলবা
হোৎনমল মহৈদি চায়ক্লে ॥

# শ্রীগী হায়ববু

# মসি মঙাইরে

২শুবা তাংকক।

অমনা চক্রি থাংবীনি
ফত্তবনা মাগী কুম্নোম্নি।
মশাতগী খনবীনি
লোম্নবীবু চেন্থহনবীনি।

ঐহাক্কা মস্তাং অসি নীংশিংলকপদা পলেমবু
কৌহুনা তেংথাজে, ইমাওশিংবু চূপচনিংই ॥

ঐহাক্কী থবক মফম্না
অচিনবা থৌ ওইবনা
লংফৈদা তোয়না চৎপনা
য়ুমদা অয়াম্বা লৈতরি ॥

ঐহাক তোয়না-তোয়না
মফম অমদগী অমদা
নোংম-নিনি কাংনদনা
আঙ্কিসকী থবক চৎলি ॥

ঐহাক 'স্কুম চৎপনা
মফম মতম চানা
নিনি-ছুম্নি শুনা
পোত্থাবা কৌবা ফংদরি।

ঐহাক্কী হায়ববু মসিদা
শেলগী অচিনবা লৈতনা
অয়াম্বা মফম-মতমদা
অচোয়' শেল ফংলি ॥'

ঐহাক্কী পাঙ্গল চোকথবা
'থক থোংবনা খঙবিদুনা
ৱাওং-থোকপা মক্ষদা
হোংহন্দুনা খরদি পোথাহল্লি ॥

ঐহাক মতম অসিদা
নুপীদা শেল থাদুনা
ইনাওশিং-শোল্লবী পলেম
য়েংশিন্নবা খঙহল্লি- হোৎনহল্লি ॥

ঐহাক থাগী কায়দনা
নুপীদা থাবগী লেমহৌবা
শেল মচিৎ থর'না
চাং-তম্না তুংশিল্লি ॥

ঐহাক অসুম্না হোৎনদুনা
নুপীদা শেল থাদুনা
লংফৈদা নৈরকপা মতম
চহি মরি হৌজিনখরে ॥

ঐহাক নৈরুবদগী থাপ্না
থবক 'ক্ষম চাউখৎনা
ইম্ফালগী আফিসতা হোংলক্কুনা
ইচিন-চৎপা ওইরে ॥

ঐহাক ইম্ফালদা খুংলবা
মতুং নুমিৎকী নোংঙাল্লবা
ইমা 'বোয় থিরুবদা
অতোপ্পদা যুম হোংলম্রে ॥

ঐহাক ঙক্লা থোকপা
থোদৌ হায়বত্ন ওইরবা
ম্নপীদা তোয়না তকপা
ইমাগী ওইখ্রিবা ফিবমসে ॥

ঐহাক্কা তোয়না হংবা
মহাক্কা তুমিল লৈসিনবা
ইকু-ইনেম চংশিন্দুনা
মচাবু পুল্লপ কনখংলি ॥

ঐহাক্কা শাউদা শাউরবা
খেয়গা চংপা মীগুম্না
লৈজবা পাম্বা চন্না
মীওইবগী লৌশিং শিজিন্নরি ॥

ঐহাক লৌশিং 'পুম্বা
ভাব তারবস্থ-লাইনা
হেক হেক নক্কংখিহনা
মখোয়গী থুদোম্বীদা তারি ॥

ঐহাক হায়কম খঙদনা
বাখল্লা উংজা পুহনা
হিপতুনা ফমুংদা তাসিন্দুনা
চৈন-ফংনা লেম্বোক্লে ॥

ঐহাক মতৌ-মস্থন্না
লেল্লকপা মতম কুইশিনগ্রহনা
মাতৈমগী মনাক্তা খন্নম্বা
ইনাওনা মপুং ফাজিনখরে ॥

 

ঐহাকস্তু চহি মতাংনা
কস্তক তৌরক্লবা মতম্না
নোংমতা পলেমবু ম্নেংলুদনা
ইনাওশিংস্তু উনিংলুবা পোকখিদরে ॥

ঐহাক মহাক্কী মনাক্তা
ইকু-ইনেমগী মরক্তা
অহাও-অপেন চাহুনদা
নুংঙাইথোকপা ঈরাংদা তাউরি ॥

ঐহাক্কী লন-পুন্সিনা
মখোয় 'হুমগী মখুৎতা
তারবনি হায়না খঙলবদা
লিখোরক্কবা পাঙ্গল লৈখিদরে ॥

ঐহাকপু হৌফম-শাৎকব
'ঙাংদগী মুম্না খঙলবা
নুংশিবীবা মীম্নাম পুম্বা
বারীনবগী পাওনিলখোম্না শাৎখরে ॥

ঐহাক 'হুমক তাওহনা
না-পংবা মীগুম্না
স্বর্গগী লৈকোন্দা লৈ'গুম্না
নাচুংদনা লেন্দুনা-পোথোক্লি ॥

ঐহাক্কী লমচং-লোনচৎনা
লৈকায়-থুঙ্গং শাৎনা
বারীনরগা ফাবা লাক্লবিবা
মখোয় অহুমবুনা চৈনবি ॥

ঐহাকপু মখোয় থ্বাইনা
মহৈ ভৌশিনগ্রবনি হায়না
ইনাওশিং 'নক্লবদা হায়জিন্দুনা
পলেমবুস্থ অবাবদা লংথরি ॥

'ঐহাক্লা সোমদা হুংঙাইবা
চানিংবা-চা তৌবা
হরাও মিতমদুনা লেনবা
ময়াম্না 'সোমদা লাংতক্লরি ॥

ঐহাক্কী বল্লুবদা হন্না
চারম কংলবী পলেম্না
'তুংগী আশা উদনা
অঙাওবীগুম .চায়রোন-লোল্লি ॥

ঐহাক্কী ইনাও খোম্মিতোম্না
মথাম্বশিংগী মতেং লৌদুনা
লাইরিক তম্লকপা-হোৎনরকপনা
ক্লাস তেন তমখরে ॥

ঐহাক্কী 'নাক্কা নোংমা
পলেম্না থারকপনি হায়দুনা
ই'তোন সুংশিবা লাকলম্বা
মাতৈম্না নৈতে হায়খি ॥

ঐহাক 'সিমক তানা
তাদ' শা-পংশিন্নদুনা
মতম কুইনা লৈরকপা
হৌকম-শাৎকম থঙখিদ্রে ॥

ঐহাক শাদগীস্থ তোল্লবা
লমকৈ অমগী মীওইবা
হায়বদো মীয়াম্না ভাংনবা
মহাক্না খলহন্দবদা ঙম্নি ॥

ঐহাক্কী পলেম লাইরবীনা
মচা ময়ামগী ৱাবনা
চহি মতাং লিশিন্দনা
অহলগী শকক্ম ওইশিনখরে ॥

ঐহাক্কী ইনাও থংনবা
মযুম মকৈ পাল্লবা
পলেমগী 'নীংবা সেবা
মনিং তৌনা তৌররে ॥

ঐহাক্কীদি অপেনবা মুংঙাইবা
ময়াম্বগী তেংবাং ফংখিদ্রবা
পম্বোগী তর্পন কৎপদা
অরৈ নৈত থিদরে ॥

ঐহাক্কী ইনাওসে-ফজবা
নোম-লিকপা কনবা
ময়ামগী চারস্থ-ঙম্নবা
লংফৈ চৎপদা-লাইওক্লখরে ॥

ঐহাক পাও তাবদা
মুপী থাদুনা যুমদা
লুপা খন্না থিলহল্লুবা
অসি নত্তনা ঙমখিদ্রে ॥

ঐহাক লোল্ল-থুপনা
আফিসতকী মী থাদুনা
পোৎ-চৈ অৱাৎপা
থিলহল্লুবস্তু মুপীনা তাৱক্লে ॥

ঐগাক্লা তৌগদবা-তৌবা
থবক-ইথাং য়েংশিল্লবা
ওইনা লৈরে মহাক্লা
তুল্লমদাই খুদিং থিগৎলি ॥

ঐহাকস্তু মতু খঙদুনা
হোংনবা ফাওবা চেকশিল্লা
মঙোন্দদি কোম্না-লায়না
পুংজা খুদিংগী থোক্লি ॥

ঐহাক ঙসি ফাওবা
মহাক্লা হিপৰিন-তুমিল্লবা
হৰাও-তৱামহন্দুনা লৈবা
মিৎকুপ অমতস্তু থাদোক্তরি ॥

ঐহাক্কনি হায়না-মসুল্লা
শন্দোকপা-ঙাংনবা কনাগুম্বশিংনা
অকনা-ফত্ত শাৰা
চৎনবী ওইনা তৌরি ॥

ঐহাক মুপী ময়ুমদা
য়্লাওং ইনবা হায়বা
মতমসিদা অসিনি হায়বা
হৌদিক্তা ভাব তারক্লি ॥

ঐগী হায়ববু

ঐহাক্না নিপা ওইরগা
মহাক্না করি আশাদা
নুপী' পুন্সিবু চাংদম্নহুনা
পুন্সি ওইনবা হোৎনরিনি ?

ঐহাক খণ্ডকম থোক্লবা
বারীদগীসু অচুম্বা ওইরদবা
মহাক্কী 'পুন্সিনি হায়বা
ময়ামদা উৎপা ঙম্লরি ॥

ঐহাক লোম্ল-লোম্লা
অহল্লমন মরক্তা
লম্বেল-লময়ানবা ঙম্বা
মীওই থিবা হৌরক্লে ॥

ঐহাক চম্প্রাসি-য়েংদনা
চিক্লা বারী তমহন্দুনা
থৌরাং-থৌওং খণ্ডহুনা
মিৎ-মায় শিংনবা হোৎনরে ॥

ঐহাক্কী জ্ঞান অসিদা
মহাক্কী চেকশিন-পাশিনবনা
লৌরং-শিখোং ওইদ্রবা
ইফক-ফকচিল্লখদো ঙমশিল্লকখিদরে

ঐহাক থা থুদিংদা
অহল্লমন কাল্লবশিংদা
অঙম্বা মতেং পীহুনা
অইৎপা থাংগুম ফেংদোক্লে ॥

ঐহাক নিপাগী পাঙ্গল
চপ-চানা লৈরদুনা-
মখল-মণ্ডলগী ৱাখল্লা
পাক-চাউনা খল্লক্রে ॥

ঐহাক মরাল লৈরবশিংদা
মরালগী থোকপা দণ্ডিদা
অৱা-মৈশা লাংহল্লবা
অচেংবা মতম ডাইরক্রে ।'

ঐগী হায়ববু

মসি মঙাইরে

ঙশুবা তাংকক।

…… ……ঙসি ফাওবদা থোক্লিবা
কয়াসে রাখল্লা য়েংশিল্লুবদা
নোক্লিংদনা নোক্লি ॥

অদুবু, কুইনদি নোকপা ঙমদে
—থম্মোইদা নোকপা ওইদুনসু ॥

ঐহাক্না থল্লকই মতাং অসি ঙোরকপদা মরাম্না
মরালগী মতিক ওকপা ন্নারকচরকই ॥

ঐহাক চাং-নাইনা
থা-থাগী কায়দনা
শেল খব-খরা
যুমদা পীবা লেপ্লক্তবে ॥

ঐহাক্কী 'স্নুম হোংলকপা
অনৌবা লমচৎ অসিদা
ইনেম 'খোয় অহুম্না
লাংতক্লবগী শকক্ষমদুদি উনিংলুদরে ॥

ঐহাক মহৌশা তৌবম্বা
মহাক্না হায়রগা চৎলম্বা
তুম্মম-ফমুং তিন্নরম্বা
হোংদোক্লদুনা কা তোংঙান্নরে ॥

ঐহাক্কীদমক মী নেক্তুনা
পুজারি তোপনা থমদুনা
মথুৎ ফাও' চারক্ত্রবা
অয়ৌবী পম্বেং তম্লক্লে ॥

ঐহাক্কী হোংল' সিগুম্বা
অনৌবা শাজৎ অসিদা
কল্লক-মিহৌবনা থল্লবা
মশাগী ঙ্গেংবশিংদি কাহৎখরে ॥

ঐহাক্না পাংথোকপা থবক্তা
লৌরং-শানা য়েৎচনবা
মহাক্কী শরৈ ইনবীনবা
পাঙ্গল'দু লাম্থোক্লবদা চিন্তনখরে

ঐহাকপু যানবা থৌরাংদা
শ .উজিল্লদুনা মমা মপাদা
ঙইবক্কনি নীংখিদ্রবা-তৌবমদবা
কপ্প' ফাওবা হৈনরক্রে ॥

ঐহাকস্তু-মহাকস্তু অহোংবা
ম ংমগী খোং-লৈদা য়া ওল্লকপা
অমনা মশক খঙলকপা
অমনা মাঙহবা খঙনরক্রে ॥

ঐহাক মনাক্তা চংদনা
অচিকপদা ইতোমদা ফমদুনা
হৌখিবা থৌদোক্কী মংলান্দা
নৈখিদ্রবা পম্থৌবুস্থু নীংশিংলি ॥

ঐহাক মহাক্কী চানবা
থাগী তলব ফংলকপদা
খর-খরা চাংদা
অকক্লনা থরচ হল্লে ॥

ঐহাক্কী পুক্লিং লাকশিল্লবা
ইকু-ইনেম চংবা
কু-মন্ত্রনা তৌরগা
হাম্নগীদু হজিল্লবা কোৎনরক্রে ॥

মসি মঙাইরে

ঐহাক্কী লৌশিং-পাঙ্গল্লা
পুন্নমক্তু অরেম্বা শিংদা
মতিক-ময়াই চমহন্দুনা
কান্নফম খঙদনা মাঙহনখরে ॥

ঐহাক্কা তৌথোক-পাংথোকপনা
মখোযগী ময়ামবু অমতনা
মশিং কযানা মাঙহল্লকপনা
মওং ফৎখিদবা হেক্লিনখবে ॥

ঐহাক শু-শুম্বদগী নোংমা
নুংঙাইবা বাখল অমদা
লৈবা নুমিৎ অমদা
দোলানগী লৈকোন্দা কল্লি ॥

ঐহাক বাখল ইংনা
চিক মোক লাউদনা
লৈনা কুংনা হৌবা
মচি অমদা লৈরি ॥

ঐহাক্কা লৈরিবসি উদনা
বীনাসু ফি ইন্দনা
লৈকোনগী মচি অমদা
ইথক অমদা তাউরি ॥

ঐহাক মীরৈবাক্কী চেক্কোংদা
চেনা মথক-মখাদা
কুপ্প-কুপ্পা য়েংহুনা
মিৎ-না চোয়দনা পারি ॥

ঐহাক 'সুম্না পারিইঙদা
উহৌদ্রে মহাক্না কুমথখিবা
শাথেক-শাবান উখোক্তুনা
নৈরম্বা উহৌবতুদি মাঙখিদ্রি ॥

ঐহাক তালক অসিদা
অকোনবা লৌখৎপা চেফোংদা
লাইয়েকপা অমগী পুক্সিদা
থোকখিবা থোদোক 'থেংনরি ॥

ঐহাক বারীতু চিখদনা
কুপ্পা পারুরবগী 'তুংদা
উরুরে হন্না য়েংথোকখিবদা
ফিদোন চিংখৎপা শক্তম ॥

ঐহাক -মুন্না য়েংলগা
উরে ময়েক লানা
ফুরিৎ য়াওদবা অরুবা
পুম্বুম তাবা পাম্বোম ॥

ঐহাক আনোক থমতুনা
য়েংলে মহাক্কী ফজবা
অচিকপনি থন্দুনা কোমথোকপা
চুশিনখরে মাগী শক্তম ॥

ঐহাক মহাক্কী মফমদা
বাখলগী পরিং থাদুনা
খল্লুরগা হজিন-হজিন্না
বাহৈ 'মতং ফোংদোকনিংলক্রে ॥

ঐহাক পুন্সি 'সিদা
মুংশিনচুনা-মরিক চুম্না
হৌনবী চৎনবী মনুং'না
পেনবা ফংদনা-হৌখরে ॥

ঐহাক মতম কুইনা
সংসারগী বাখল ওন্নবা
শান্তিগী মফমনি খল্লুবা
অমাঙবদা মতম লেনখিবনি ॥

ঐহাক লাইরিক তমনিংলুবনা
অমুক নিংখিজবী মানা
পুন্সিগী ওইবা ফংদনা
শান্তিগী বাখল চেল্লুরি ॥

ঐহাক চেৎনা থাজনা
মহাক্না মাংলুবদগী কন্দুনা
ফংলমদ্রবা পলেমগী সেবদা
থবাই লুপমিন্নগনি-খল্লক্লি ॥

ঐহাকপু মহাক্না কৈদৌঙুংদা
খক তৌরোই মিরাইনা
শোয়দনা নীংলিবসি ওইহল্লবনা
শান্তিগা থেংনবা উৎলবনি ॥

ঐহাক মাবু 'মুক্তা
ঊনচুনা বাহৈ অমতা .
হায়নবা মতম ফংলবা
তায়োন্নবশিংবু নক্কৎপা ঙম্লগনি

ঐহাক মাবু উজুনতা
শাবান নিংথিব'জুত্তবু খন্দুনতা
মিৎকুপ অমগী তেল্লবা
মতম শাংলবা ওইররি ॥

ঐহাক হৌখিবা থেংনবদা
বাখল 'সি পোক্তনা
ইনাও মুপী 'ধর্ম্মদা
শেংলবা মিৎয়েংদা লেনখি ॥

ঐহাকপু চন্না-কিনা
মতৈগী মিৎফমদা কোম্না
থম্মোই লৌথুপ-লোকোইবা
মিৎয়েং কারন নৈখিদরি ॥

ঐহাক্কী ঙসিদি মতুদা
মত্তম্না ঈথৈ পীরক্লবা
হৌনবী-চৎনবীগী লমবাক্লবা
মপান-নাইদ্রবা বাখল্লি ॥

ঐহাক্কী লোই-খমদ্রবা
পক্তবা থক ঙমদ্রবা
থম্মোই লাইয়ুম শেৎগ্রবা
অমতা ঙাইরবা 'নীংবনি ॥

ঐহাক অমুকস্মু উংতুনা
লেপফম-ফম্ফম খঙদনা
ঈনোৎ কাবা বাথন্দা
অরিবা থৌদোক ঈফুৎনরি ॥

ঐহাক্কী চারক-চাহিংনবা
ওইরিবসে থম্মোইগীসু ওইফদবা
শান্তিবু লাপথোক্লিংবগী অশেংবা
পলেমগী সেবা ফংনিংলকপননি ॥

ঐহাক শুফম-নোম্ফম
হৈনিংবা 'মতা পোক্তবা
সমাজগী পন্না থিংলম্বা
পন অমসু থেংনলকপননি ॥

ঐহাক পন্দি করম্বা
চংশিন ফদবা চংশিনগদৌবিকা
'ডুবু খল্লুবদা লৈতদবা
হুংগী মৈচাক-ওমচাক্করি ॥

ঐহাক্কী পল্লেপফম লৈতনা
মখলশুনা খল্লম্বা বাখল্লা
তঙ-তানা পুক্লিংনা
ফোংনিংবা বাদি-বামৈনি ॥

# ঐগী হায়বরু

# মসি মঙাইরে

অরোয়বা তাংকক।

নীংখায়রকপা মতম্না 'মাংদা চপ লেপ্লাখি ।।
ফত্তবা মীগীদমক-মীগী মাওনবাখনবশিংগীদমক
ঈশ্বরনা দপ্তি পী ।।

ঐহাক্না খল্লি মতাং অসি ম্যোশিন্নকপদা মতম্দা মীওইববু পুই, মতম্দা বিচারপতিনি ॥

ঐহাক মতম ঙাইরকপা
নোংম-নিনি নংখিদ্রবা
ফনা কুইরবা মতুংদা
নিপা অমা থেংনরে ॥

ঐহাক মহাক্কী মফমদা
বারী-বাতাই শানদুনা
অচেৎপা বাশক লৌনদুনা
মহাক্কী অনীংবা পাংথোকপীরে ॥

ঐহাক মহাকপু কোনবীদুনা
মপী-মপা শক্না
থবক-ইথাং পীদুনা
থাগী শেল ফংহল্লে ॥

ঐহাক্না মহাকপু লৈকোল্দা
নুমিদাং থুদিংগী লৈহন্দুনা
মহাক্কী অকোম্বা মতমদা
চিঠি ম্যোহন্নবা শিন্নরে ॥



ঐগী হায়ববু

ঐহাক মহাকপু উননবা
আফিস-কাদবোই তৌরবা
তাঙ্গা ফংবা ঙাইদুনা
মিৎকুপ-নাহুম শেন্নরি ॥

ঐহাক চেকশিন্না ঙাইরকপা
অসুম তৌনা হোৎনরকপা
মতম্না য়ৌরক্তিবা ফাওবা
চাংদোনগী লাইজ-য়ৌরক্তি ॥

ঐহাক্কী ঙাইবা কনবা
লোয়নবগী হোৎনবা কনবা
পুক্কিংনা বানা শেন্নবনা
মহে য়ান্নিং' তৌরক্কি ॥

ঐহাক নোংমা বাখিবনা
নারি-শারি তৌদুনা
নুমিৎসি আফিস কাদনা
রেডিও তাদুনা পোথারি ॥

ঐহাক শাইহাক অমুক
নৈকোল তম্না কাদুনা
মহাক্কী ভাঙ্গা য়েংদুনা
খুয় শাংনা হোন্দোক্লি ॥

ঐহাক অমুক অকোনবদা
কাখৎপদা কাখৎফম 'মাক্তনা
থৈনফম নৈতবা লৈথংফমদা
কোক্ক-কোক্ক থেংজিন্নরে ॥

ঐহাক মহৌশা চন্না
ইনাও নুপীনি খন্না
কৌবা নুমিংশিং 'নুগুন্না
তৌশিদ্রে-পুমহোং তোংখবে ॥

ঐহাক অঙকপা-অহোংবা
মাইথোংদা শেংনা তাবা
থম্মোইগী মমি উদুনা
ইকাইবা শকফম পুখবে ॥

ঐহাক মিৎচি-চাবা
থেন্ন-বাহৈ কযানা
মাগী বাকম খঙদোক্লবা
তঙ তাবী তক্লবি ॥

ঐহাক্কী বাহৈ কয়া
নাপা চিক্লা তাকবগা
নৈবাংগী পুন্সিদি ওইবনা
নোকফেৎ তৌবদুনা কুমথখবে ॥

ঐহাকসু থুনা কুমথদুনা
লোযনবা পিশক কৌশিন্দুনা
মাগীদমক ফোংদোকনিংবা 'ইবা
চিঠি পাদুনা তাহল্লি ॥

ঐহাক পাবা লোইবদুনা
চেকশিন্না পীক্লনবা হাযদুনা
খবক তৌবা শাহন্দুনা
মাগা উনরুনবা-থোকহনখরে ॥

ঐহাক থোকখ্রবদা মহাক্না
মতম চংনা ইরবা
চিঠিগী বারোল নীংশিংহ্না
মাগী শকফমহ্ন উরি ॥

ঐহাক 'স্নুম তৌহুনা
নুমিৎ অসি লেল্লহুনা
থংনবা মথংগী অয়ুক্তা
কাদগী হেন্দোক্না চখোকক্তি ॥

ঐহাক্কী 'নাক্তা মহাক্না
চংলক্লবদা ইচম-চম্না
মতম কুইনা শাগৎলবা
পুক্লিং' লৈয়েং ফাইথরে ॥

ঐহাক মিৎ'ফম খণ্ডদনা
টেবিল মথক্তা লৈরম্বা
চেফোং অমা পায়খত্তুনা
চেনা কাম্না ফাক্তোক্লি ॥

ঐহাক চেফোং অসিদা
চাউনা থাহ্নুনা শানখিবা
মাগী মমিং য়েংহ্নুনা
নুংশিবগী ইকাইখবু-তাইনরি ॥

ঐহাক্কী মিৎফমদো অথৈবা
মিৎকুপ খণ্ডদনা হৌব্রবদা
মচি-মরুমদগী লোয়নবনা
থৌরেমনি হায়না খণ্ডহল্লক্লে ॥

ঐহাক্কী পংতকপা অদুদা
লোয়নবনা ইকোয়-কোয়দনা
কায়েম্নবা মতাগুম হায়রকপা
তাক্রুরগা অচিকপা থুগাইরক্লে ।।

ঐহাক মাগী বাদা
লোয়নববু মপান থোকহনগ্রবদা
মাগী লোয়নববু শাউবা
মওং-মতৌদু হায়রক্লে ।।

ঐহাক মাঙোন্দা খুম্নবা
পান্দল ফোংদোকনিংবা কোংদোক্রবা
মতিক-ময়াই চমগ্রদুনা
'মুকুং য়েংলুবদগী উখিদরে ।।

ঐহাক্কী থৌনা মাঙগ্রবা
মহাক্না ইচং থৌনা
'তুংদসু হৌখিবা থোকগ্রবা
থৌদোক্কু থোক্কনবা পাওজেল্লক্লে ।।

ঐহাক্না নিপা ওইবনা
হৌখিবগী থৌদোক্কু থোক্রবদা
খওশিন্নদনা লৈখিগদ্রা হায়'না
মিৎলুগী পিরাং শিন্থরক্লে ।।

ঐহাকসু লৈবদি চম্না
নিপাগী থৌনা নত্তবদা
নোংলৈ-নুংশিৎকী পান্দমগুম্না
পুনিংবা মাইগৈগীদমক থোরাংলে ।।

ঐহাক্না হংবনি খঙনিংনা
মহাক্না মাইথোংদো লুনা
পুক্নিংগী বাহৈ ফোংদোক্লুনা
লৈয়াং-গুনবু উৎলক্নে ॥

ঐহাকসু মপান্দগী লোয়নবনা
খঙহল্লকপা খুদম লৌদুনা
মুমিৎ অমা খন্দুনা
থবক পাংনবা হৌদোক্লে ॥

ঐহাক্না ফোংনা হায়বা
মহাক্না লোন্না ফোংদোকপা
বাহং খুদিংগী পাওথুম
মিৎচিনা মাইথোংদা পীরক্লে ॥

ঐহাক জ্ঞান তারদুনা
চা থক্লবা খামদুনা
লোয়নববু তুমিল কৌশিল্লুবদা
মহাক্কী মিৎকুপ্তুনা থোকখরে ॥

ঐহাক বুদ্ধি মমদুনা
বাংলেন ঙাইহাক্লু অরেম্বদা
ফরক তাবা মংলান্দা
কা'সি ইম'মশিলহৌরি ॥

ঐহাক্কী লাম্বা ফংলুদ্রবা
মহাক্কী অরোনবা অরেপ্পা
থম্মোই-লোয়নবদগী খঙলক্লবদা
মিৎকুপ-নাহুম শেম্নরক্লি ॥

ঐহাক শাংলবা মতমদা
চনিং তানা ঙাইরকপা
অত্নগী মতমদুদি লেল্লগা
মঙানিদা ঙাইরকপদদি খাংঙমখিদরে ॥

ঐহাক্কী অসুম্বা লাংতক্লবা
চিরক্লবা মতম অসিদা
পলেম্মা থৌনা পীবগুম্না
মচাবু উননবা কৌরক্লে ॥

ঐহাক পলেম উননবা
মতম থানখিবা চাননা
মহাকপু পুত্নুনা লোয়নবগা
তেরা মনিংদা খৈদোকখরে ॥

ঐহাক্না পলেমবু খুরুম্নগা
মহাকপু লৌবা চৎলুবদা
থৈরুবা যুমবু অত্নুনা
মহাক্কী বারী শারক্লে ॥

ঐহাক্কা ঐখোয় 'নিদা
অচিকপা মী চংদবা
কা অথুবা অমদা
কুপ্না বারী তাহল্লে ॥

ঐহাক মমুৎ তানা
মহাক্কী বারী তারবদা
মহাক মীতোপ অমা
নংলমদ্রে 'পোকমক ওইরগ্নে ॥

ঐহাক্কা মহাক্কা লুহোংবদা
অয়েৎ-অপন লৈতনা
ধর্ম্মগী বাংমা লান্দনা
কৈন্যাদান ফংবা শোয়দরে ॥

ঐহাক শেল চংনা
অহিং-নোংমা লেন্দনা
লুহোংবগী থৌরাং লোইরবা
শান্তি 'খোয়রোমদি ঙক্লরে ॥

ঐহাক পলেমবু কৌদুনা
মহাক্কী বাসু তাহন্দুনা
মাগী ঐগী অচেৎপা
য়ানবা বাফমদু খঙহল্লে ॥

ঐহাক্কা আশাগী-দোলান্দা
মিৎকুপ পুংজ পোত্থারবা
পলেমগী য়াথংনা খুদক্তা
কোকথক্তা বজ্র তাররে ॥

ঐহাক অমসুং মহাক্কা
লৈবাক মীয়াম মমাংদা
মী'মাং ফমউ তমথ্রদুনা
থাদোক-খায়দোক্লবা তাররে ॥

ঐহাক পলেমবু কিবনা
হুংশিবগী পম্বেংবু লাপথোক্লা
মহাক্কা য়োকচবা-য়োকচবীগিদা
চৎখিবা খোঙফম য়েংহৌরে ॥

ঐহাক পলেমগী 'তুংদা
লোয়নবা ঐখোয়'নি পুন্না
মুংশিবা ইনাওশিংগী মনাক্তা
লংফৈদনী খোরকপগুম থুংলুরে ॥

ঐহাক্না য়ুমদা ইনাওশিংগা
পলেমগী সেবা ফংলবা
মাংলমচৎকী লমচৎ খাদোকপ্রবা
মতম'সিদা শান্তিসু থুংলরে ॥

ঐহাক' চংলকপদা য়াদবা
পলেম্মা হৌনদে হায়দুনা
মাগী লৈফম শিন্দোক্লুনা
তরু-তরুনা থম্মীরে ॥

ঐহাক্না পলেমগী য়েংদুনা
শান্তিদা শাউবা মিংয়েংনা
মাগী লৈফমতবু পীরগা
তোংঙান তাহন্দুনা থম্লি ॥

ঐহাকসু আফিস কাবদা
কোয়না চৎপা তমদুনা
মরুপ-মপাংগীদা লৈথোক্লুনা
অহিং-অয়াম্বা লেল্লক্লে ॥

ঐহাক্কী মতৌ অসিদা
লোয়নবসু য়াওনা পলেম্মা
নিতিগী হায়মনবদগী কন্না
নোংমা ফাদোক্লগী ওইরক্লে ॥

ঐহাক পলেমগী 'নাক্তা
ইনাওশিংগী অক-ফত্তা
ইমুংগী অবাং-অপা
মতেং পাংদুনা লেল্লক্লে ।।

ঐহাক হন্দক থরা
য়ুমদা লৈবা অসিদা
শান্তি-ইকু-ইনেয়া
ফরাওনা চংবা হৌবক্লে ।।

ঐহাক থগনা-থগনা
মখোয়না মথৌমক ওইনা
নিত্তি-পুংজগী ওইনা
লোয়নববু পল্লদুনা লৈরক্লে ।।

ঐহাক লোয়নববু-নত্তবা
মাবু লাল্লা-লমজিংবা
মীওইনি হায়না খনহল্লবা
অসিদা নত্তনা-লাংতক্করক্লে ।।

ঐহাক্কী ইনাও ফুপীদা
লুপ্পা ওইহৌরবীনি খন্দুনা
অরোনবা য়েংহৈদবা মিংয়েংনচিংবা
লোয়নবগী বা তাহল্লক্লে ।।

ঐহাক তাবা হৈনরক্ত্রদুনা
মরাল লৈজদে খগনা
লোয়নববু থবক্তগী তোকহনবিদুনা
চির' মতমগী মী কাওখরে ।।

ঐহাক লোয়নবগী ময়ুমদা
শেল পাং-চৈ পীদুনা
লাইরবগী মতেং ওইনবা
খিলংহুবদা লৌহৌদনা হল্লকক্লে ॥

ঐহাক অম্মম তৌনা
অমুক লোয়নবগী বা
প্রেমগী অমুক বা
শান্তিবু শাউনিংবনা থুঙ্কৎলক্লে ॥

ঐহাক অনাবা ওইদুনা
আফিস ছুটি ওইদুনা
মাইবা মরি-মঙ্গানা
কানদনা ফম শেন্নরি ॥

ঐহাক লোল লি থোক্তনা
মতম মশিং শাংনা
ফমশেন্নদুনা লৈরক্লবা মতুংদা
নোংমা লোয়নববু উখি ॥

ঐহাক্না মিৎ পাংথোক্তুনা
য়েংবা মতমদদি উনরবা
মখোয় অনিনা লেপতুনা
'খোয়-হুম মিৎ চানরি ॥

ঐহাক্কা-মহাক্কা উনরবদা
অনাবগী শকফম হন্দোক্তুনা
নোংম-নোংমা হৌগ্রবদা
পলেম্না হরাও-হুংঙাইরি ॥

ঐহাক নাবা ফরবদা
পলেম্না মহাকপু য়াবীরদুনা
লুহোংনবা পাও চৎনরবা
ঐখোয়'নি শোয়দনা লুহোংলনি ॥

ঐহাক হৌগত্তুনা চৎপদা
শদৌ থোংবা লৈত্রবা
শান্তিনা পাও ময়ুমদা
অবাবদু তমগ্রগা-কপচরি ॥

ঐহাক-'কোম্বা মতমদা
আফিস গাড়ী তোংদুনা
হরাওনা মাগী মনাক্তা
পলেমগী পাও চৎলি ॥

ঐহাক নুমিৎ'সিদগী হৌনা
মহাকপু চৎলসি হায়না
হৌরুরবা অদুবু চক্রিনা
মহাক্কী-কনবনা থাংলি ॥

ঐহাক তৌফম খণ্ডেদুনা
অয়ুক অমা চৎলুবদা
ইকু-ইনেম অনিনা
মহাকপু চৈ-থাংবা তারুরে ॥

ঐহাক মুন্না তারবা
মহাক্কী পাওথুমদি তাদা
পুক্লিং ইরাং-লাংদুনা
করিবু তৌসিগে খল্লে ॥



ঐহাক মাগী থন্দুনা
ইকু-ইনেমগী ব্যবহার
ভ্রোদোগী মতিক ওকপা
ঐম্মগী চংকদবনি থৌরাংনিংলে ॥

ঐহাক 'মুম থম্রিবৈদা
মথোয়'দগী মহাক্তি থোরক্তুনা·
মহাক্কী কাদা চংখিদুনা
মবা-মনিন নাইখিদরে ॥

ঐহাক্না চংশিল্লুবা মতমদা
গমছা মতুপ অমা
ফিদোন চিংখত্তুনা লৈরম্বা
মতৌ'ছুদা স্বর হোন্দোক্লে ॥

ঐহাকসু খুদৈ হোংদোক্তুনা
চুরুট অমা চিংদুনা
হায়নিংঙাই লৈতবা মংদা
পম্বেং য়াওদনা তাউথরে ॥

ঐহাকসু মহাকসু নকশিন্নদুনা
লৈ-চা থায়দোক্লরদুনা
থাবিকথগী অমৃত লৌদুনা
থম্মোই খুদোল পোম্বনরক্লে ।

ঐহাক্না 'সিদা হংবদা
মহাক্না খুমকই 'মুম্না
ঐগী হায়ববু
মসি মঙাইরে ॥





পোম্বাম্বিরম্নি